# ইম্ফালগী মৈ

( শৈরেং লাইরিক )



অইবা : কে, কুলধ্বজ

রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

অহানবা ফোঙবা — ১৯৯০

মখুম য়েকপা — বিজয় তোকপম




ব্লোক শাবা — এন, মঙ্গি সিংহ এন্দ সন্স বু দন ব্লোক মেকিং ইন্দস্ত্রি, এলাংবম লৈকাই

মমল — লুপা ২০/-

নম্বম — পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বজার, ইম্ফাল

রাইটর্স ফোরমগী লোন ফংহনা ফোঙবা লাইরিক

হক — অইবা

হান্না ফোঙখ্রবা অইবগী লাইরিকশিং—

১। রোজেন ( উপন্যাস ) ১৯৭৯

২। অমম্বা মপৈ অমনা ঐবু কৌখিবনি ( উপন্যাস ) ১৯৮৬

## ৱাষাঙ ম্নানবা

মণিপুরগী অইবশিংনা মতম পূম্নমক্তা মায়য়োক্নরিবা মরু ওইবা সমস্যাশিংগী মন্নুংদা অমদি মখোয়না ইজবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবা অসিনি। অৱাবসি কোক্নবা হায়দুনা খৃঃ কুঃ ১৯৮৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ৩ দা 'অইবশিংগী মরূপ' (রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল) কৌবা সংস্থান অসি ইম্ফালদা লিংখি। অইবশিং অমস্তুং সাহিত্যবু মুংশিবা মীওই কয়ানা পূল্লগা লিংবা সংস্থান অসিগী মরুওইবা পান্দমসি অইবা অমবু ময়াম চঙদুনা মতেং পাংবনি অমস্তুং মহাক্কী লাইরিক ফোঙহনবনি। অইবা মশা মশাগী থাগী শেনখায় পুথোক্লে অদুগা অপূনবা শেনফম শাগৎতুনা মথং মনাউ নাইনা অইবশিংদা ফংহল্লি।

মরূপ অসিনা লাইরিক ফোঙদুনা শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈতে। শুপ্পতগী অইবশিংবু পূক্লিং থৌগৎপা, তেংবাংবা অমস্তুং মগুণ লৈরবা লাইরিক কয়া মথং মথং ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কৈ হেন্না চোনহনবা অমস্তুং হেন্না ইনাক খুলহনবনি। খোঙজং অসি লাইরিক ফোঙবগী মায়কৈদদি অনৌবা আন্দোলনগী মশক অমনি।

শ্রীকে, কুল্লধ্বজনা ইবা "ইম্ফালগী মৈ" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসি ফোরম অসিগী তরেতশুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি খ্বাইগী খুত্তা শিন্নজরি।

লমাবম বীরমণি
জেনেরেল সেক্রেটরী
রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল, ওক্টোবর, ১৯৯০ ইং

# অহৈবগী রারোল খরদং

—নঙগী লাইব্রিক্তু ফোঙগদোবা কয়াম রাংলি ?

—ফোঙগদোরে, কুইদ্রে।

—লাইব্রিক মমিংহ্নবু ..... ?

—ইম্ফালগী মৈ।

—খুঙ্গংগী মৈদি য়াওদবজাৎলা ?

ইকুই কুইদ্রিবঙেগী মমাংদা ঐগী মরুপ অমনা হংলকখিবা রাহংনি। তাঞ্জাতুদা ঙাইহাক্তুংদি ঐ চঙকখি, খুম্মম খঙখিদে।

মরুপ অতুগা কায়নরবা তুংদা ঐনা খল্লকই।

—খুঙ্গংদসু মৈ থাল্লি। ইম্ফালদসু থাল্লি। খুঙ্গংদদি অচৌ অচৌবা ইন্দস্ত্রি লৈতে, কল করখানা লৈতে। সিনেমা হোল লৈতে। খুঙ্গংদদি মুমিদাং মী য়াম্না চত্তে। খুঙ্গংদদি মীনা মীবু শেত্তুনা চাদে। ফজ-ফজরবা লৈরাংশিং শাৎলি, পাৎপান্দা, চীংয়াদা অমস্তুং লৈকোলদা।

তশেংনমক অচৌবা সমস্যা অমনি। মৈ চাং নাইদবা হায়বসি। লমচৎ লুদবা হায়বসি। অতুগা রাতমক মঙাংবা, থবক্তি পাংথোক্লদবা মীওইবগী মরমচৎসি। মতাং অসিদা ঐনা পণ্ডিট নেহরুবু নিংশিঙজে "থোট রিদাউট এক্সন ইজ অনদিভে-লপট থোট"।

কে, কুঞ্জধ্বজ

১২ | ১০ | ১৯৯০

# য়াওফম তাকপা

# খোঙচৎ

ঐখোয়বু কদোমদা চৎকদৌরিবনো
কদাই য়ৌগদৌরিবনো ?
থরনা হায়, ঐদি অশোমদা চৎকনি,
নঙনা হায়, ঐদি অসিদা য়ৌগনি
মানা হায়, ঐদি চুমথ্রিং চৎকনি ।
মানা মানা থোকপা পঙচত্তা চৎনৈ ।
ঐনা পাম্মী অপুনবা খোঙচৎ অমা
অদুনা লাওজে ঐনা অপুনবগী খোল্লাও,
অদুবু খোল্লাওদুদি
অহাংবদা তিঙ্গখিবা নত্তনা
কনানবু তাবীগদগে মতম থরদং কাইথোকপীদুনা ।
অমগী রা অমনা তাদে
অমনা হংই অমনা খুমদে ।
পংঙাংতা ঙাংনৈ
পংচৈত্তা চৈনৈ
পংখত্তা খৎনৈ,
কনানা চুম্লিবা কনানা লাল্লিবা
খঙদে, অমত্তা খঙদে ।
অঙাওবা শংগু শংগুনা
মাগী মাগী রাখলনা থোকপা
ঈশৈ শকুনা লৈ মুংঙাইনা
খঙদে কয়াম কুইনা শকখিগদৌরিবা মখোয়গী ঈশৈ ।

১৯৭৩

ইন্ফালগী মৈ

# ইমা মৈতৈ চনু

নঙদি খঙদে মাদি চৎখি
উহৌই ঐদি।
কনানো, কনানো ?
হঙই কোক্তাংবা ময়াং মহাজন্দুনা।
কদাইদবু চঙখিবা, লৈরমন্রে অমতা,
চঙথ্রবরা লৈন্নুংদা
কাথ্রবরা নোংথক্তা ?
হৌজিক্তা লৈরম্বদাই ঙোকখেনা
ঐ লৈরি উৎলম্বদায়
হৌজিক্তি অমম্বদা চঙথ্রবরা
কনা উনিংদে খল্লহনা ?
শোয়হৌই অস্নুমা
পঙলবা মৈতৈ মচাশিংনা।
পাম্মুইদকো ইমা মৈতৈ চনু।

১৩৭৪

ইবোম্চা দেবী
(ঈশ্বরী দেবী)

# নিংবা কায়রবা ঐগী ঈশৈ

ঐগী নিংবা কায়রবা ঈশৈদো
লাম্থোকপ্রে
নোংমদোল কয়া
চীংলোন কয়া ।
অদুবু তাবীদে
নখোয়না তাবীদে
ঐগী ঈশৈ
নিংবা কায়রবা ঈশৈ ।
লেংলি পাল্লিবা উপাল, উরি-রারি
অদুগা
তুমিন তুমিন লেপ্লিব্া চীংজাওশিং
তাহৌগো ঐগী ঈশৈসে অরাবগী ।
ঐগী মীৎতগী
তারক্লিবা পীরাং অসিনা
চামথোক্লসনু
তাইবঙপালগী কজৌদি কয়া
ওইহল্লসনু মহুনা
অশেংবা অচুম্বা অরূবা ।

১৯৮৪ ইং

## "অমম্বা মরক্তা"

কনানো ঐবু কৌরিবা অমম্বদা
খুৎলাম তোয়না হল্ডুনা।
কনানো নহাকপু ?
লেপ্লিবা নদোম তুমিন্না
করি রাখলবু তৌরিবা,
হায়য়ু নঙসে
পুন্সিগী লাম্ফমদা
মায়থীরবা লান্মীরা ?
তাইবঙগী নৈত লায়র
অরা অনং ময়ামগী
মীকপখোল্লক্তুগী থোক্তুনা
কদায়দনো নঙনা লেপ্লিবা ?
হায়য়ু তাদয়া নহাক্কি
অশি অনানা থল্লবা মালেমসিগী
নাহেখোলনা নিল্লিবসে অতিয়াদা ?
খঙলে নহাক্কি সুক্তা তারম্লোই।
নিঙায়দনা তুমিন্না অস্তুম লেপ্লি নঙদি
ঐবু তোয়না অস্তুম কৌরি
অমম্বা মরক্তুদা।

১১। ৬। ৭৫

## 'থোক্লকখিদ্রবা ৱাখলগী মমি'

খৎনরি কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা
হাৎনরি লম খোপচিন্নবগী ।
ঈশিংদা থুম তুম্বগুম
তুমগ্রে সিফাই কয়াগী পুন্সি
ওয়া চংশিন্নগ্রে অশিবগী খয়াত্তা
ইয়ায়থকী কোঙ্গোলগুম
মাংগ্রে মীৎনা কুপ্পদা ।
কাংলোনগী পাঙ্গলনা
পুন্দুনা থমগ্রে অতপ-অইং ।
নাকোং ৱাই চিন্নে
বম তপকী মখোলনা
মিহুন চেঙ্গুম চেঙ্গানরে
মুপী অঙাং কয়া
লৈকম খঙনখিদ্রে
লাম্মৈ 'মাংদা তথক্লরবী শজিগুম ।
মাংখিগদ্রা চিংনরে তাইবংপাল,
নোংমদি ওইরক্লনি খন্নরে
তাইবংপালগী অরোইবা মুমিৎ ।
বুদ্ধ মহাত্মাগী পাউজেল
নমহৎগ্রে বমগী মখোলনা ।
হিংলিবনিকো ঐস্মু অসিগুম্বা তাইবংসিদা

খুত্তা কলম

মাংদা পুন্সিগী পাক্কবা চেবাং

খোংলি খোরি থবা

[illegible]

অশৈবা নত্ত অশৈবা শাহনা ।

১৯৭৬ ইং

## তৎথ্রবা লংলা

লাক্লম্মী নোঙমা নঙনা
ইথং থংহৌদনা,
লৈরিঙৈদা ঐনা অচিকপদা।
ঐগী থম্মোয়স্থু ঙাম্থোকখি
নঙ লাকপত্থদা।
ঙসিদি চরাংনরবা থম্মোয়দা
নহাক্না চঙলক্লিবা করিগীনো,
করিগী থোকলক্লিবা ৱাখলগী লংলা 'মতং।
তৎথ্রবনি লংলাদো
তিংলম্বদো থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দা।
লৈরেনে খুত্তা কলম মাংদা চেবাং,
খল্লি মীৎ উইশিন্দুনা
ঐ করিবু ইশিবা।
খল্লে, খল্লে অস্তুম পুংজা কয়া
অত্থবু তৎথ্রবনা ৱাখলগী লংলা
লাক্লবনা শমবীননবা নহাকস্থু
লৈরে তাত্থনা মাংদা অস্তুম্মক
অঙৌবা চেবাং ওইনা
কংথ্রে কলমগী মচিনস্থু।
নিংশিঙলম্মী, মীত্তা শংশং উরম্মী
মতম ঙাইহাক্কুংগী মমাংদা

ফীভম থীরবা লায়রবা
হন্না য়েংবদা কনা লৈত্রবত্থগী
রাম্বী, ইমুংহুগী বাক্সি ।-
রারে খঙলহুনা হিংবসি
চংশ্রবোই মশেক্স পুক্লপ
হুগী চিঙ্গাক অমুক্তদা ।
অতুগা কমম কচিনদগী ঐনা প্রাম্বরিব।
চোংথোক্লকই শ্বা অমা ঈ থক্কদবগী
শংত্রিক য়েংই মমিত্তু ঐঙোন্দা।
কিবনা মিকই ঐ ।
ফি ফি-কাপ্পই মচিন্দা ।
ও ! চেন্বাংহুদি কদায়
ময়েক অমতা পক্তবমথৈ
অম্নুম্মক তারম্নি
অভোইবা চেন্বাং শইহুনা
খুৎনা নাল্লহ্না, ঐগী খুৎনা ।
অতুগা
জগোয় শারপ্পী ইমাংদা
উন্না কুমপ্পা হিমালয়গী চীংমায়দা,
তান থাৱকই তাম্ তাম্
চীংনুংগী চেক্লা তাম্মানা,
ঈথক হৌরকই শান্মুক্লগী ইমায় ।
সনা মশেক্না মৈরবা
মুমিদাংরাইগী শকুম,
অমুকস্থ থাবলগী কঙ্কিংদা
হারৌগী খোঞ্জেল

ইন্ফালগী মৈ

মন্ত্রগী মখোলগুম্না হুংশিন্নবা ;
কুমহৈ, মখোন্ন কয়াছুগী কুমহৈ
মীৎ পেন্না য়েংই,
রাখলগী ঈথক হোন্নকই।
অদুবু ঐগী খুত্তি কদাই
তূম্নম্মী শান্তি ওইনা মুডাইনা
ঙৌরবা চেবাংছুগী মথক্তা।
শমবা ঙম্ন্রবা
কুপ্লবা রাখলগী লংলা
কদাইদনো মচিন
থিফম খঙদ্রে ঐ!
নোংথাংনি নোংথাং, অয়াংবা অঙাল
খঙহৌদনা ঙানখিবা, খঙহৌদনা মমখিবা।
হে ফিশাবী লৈশাবী
শম্নিবোই নহাক্তি কুপ্লবা লংলাদো
মাংখ্রবা মচিন থিদুনা
ঈশৈ ঙংল ঙংলদুনা চীন্দা।
হে মন্ত্র খোংবা পাখং
শম্নিবোই নহাকসু
কুপ্লবা মন্ত্রগী তারাশিংদু।
অদুবু ঐগী রাখলগী লংলাদি
থিবা খঙখিদ্রে
মাংখ্রে মচিন অমম্বদা।
থিজৈ মীৎ শুক্লুনা
খুত্তা মৈরা পায়দুনা।
অদুবু কনানো 'মনা

থুং পাম্নত্নুনা থাম্লিনে।
লাউ খোংজকই
চৈহৎলক্কই ঐবু
"কৈদোগদৌরিবা
লংজিন্দু থিরগা।"
অত্নুগা ঐবু
কৌশল্লি মায়কৈ অমদা
বোল দান্সকী জগোয়রোমদা
লাউ খোংলবা অরাংবা ঈশৈরোমদা।
মখোয় কয়ানা
লেপ্তুনা জগোয় শারি
নিল খোংলবা ঘন্ত্রগী তাম্থাদা
য়াউ হায়রি ঐস্থু
তম্বীগে হায়রি বোল দান্সকী শাথেক
দিস্কো জগোয়গী খোঙচৎ।

১৩।২।৭৬

## "মখোয়গী পুকচেল"

লোম্থোক্কবা থম্মোয়না হংলিবা তুমিন্না
লেপ্তুবা মখৈ।
চীংয়া তনম্নাদা, লবুক লম্পাংদা
ৱারী কয়া শান্নরুরিবা
লমগী চেক্লাগা
লোম্না তুমিন্না।
ৱাহং কয়া হংলুরিবা
তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরিবা চীংজাউশিংদা
অমদি অচৌবা পামেলশিংদা।
মখোয়গী পাউদম
শান্তিগী পাউদম
অশেংবরা মীনম্বরা
খঙদে ঐ।
অত্তবু লাক্লবদি অকনবা নোংলৈ
হাই হুম্নকই তমথীনা
লমহেল্লবা লমশাগুম।
তুমিন্না লেপ্লম্বা চীংজাউস্থু
লাউ খোংলকই
মীপাইহল্লি থম্মোয়।
তমথীবা শক্লোন শকপুনরকই
ইং তপ্লবী অতিয়াস্থু।

২৮।৪।৭৬ ইং

## "লোকহৌদ্রবা মঙাল"

মঙাল অদো
তাইবংপালসে লংহল্লমগনি শোয়দনা
অফাওবা করিগী ব্রাখলদগীস্থু
হেল্লমগনি শরুক চাম্মা।
অদুবু অয়েম্বনি
লাংলবা সনাকৈথেলগী মীনিল্লকুদা
লাকখিবা
য়াংলব মঙালগী খোঙথাং।
মীংকুপ্পুদা ঐ কয়াদা মুঙাইখি
খনখি
লাম্বা ফংলে স্বর্গ।
অদুবু অচিকপা লমদম য়োয়কপদদি
তিল্লখিবনি অমত্তা ওইনা
অচিকপা অমস্তুং অমম্বা,
কনানা তাননক্লগনি
মঙালগী খোঙজেলবু।
অয়েম্বনি
খোঙ তেক্লবা ঐগী ইফমদা
মঙালদুবু তাননবদি।
করিগুম্বদা লোকহৌরবদি মঙালদো
নংত্রগা

অমুক [illegible],
ঙাইহাক পোত্থাররবদি
অচিকপা থম্মোয়গী কাচিন্দা,
পোত্থারিঙৈদা ঐনা
অচিকপা লমদমসিদা,
ঙালহনবা ঙমগনি ঐস্মু
তাইবংপালসে,
মালেম ঙাউরবা অশৈবা রবিন্দ্রগুম,
অহুবু অরেম্বনি
লোকহৌদ্রবদা মঙালদো।

তাং ২৫। ১১। ৭৬ ইং

# "মবুক লাম্লবা কাকথৈ"

ঈ খৌরাংলবা কাকথৈ অছুনা
ঐগী মায়গৈ তম্লক্লমী
ফনা লাপ্পা মফমদগী
লাম লামছুনা
মনম শুং শুং নমছুনা।
ঐনা উরম্মী মহাক্কী মতৌ
অছুবু মহাক্তি খঙদে
ঐগী মীৎনা কদায় তম্লিবা।
কদায়দগী খঙগনি মহাক্তি
লাকপনি ঈতবু লাইনিং ওইছুনা
ঈ চুপকদবগী লাওরবা ময়াতুনা
কোয়লাম লাম্লছুনা।
ঐগী ইনাক য়ৌশিল্লক্লবদা
খোঙউপ মতোম্না থেংলুই খজিক্তং।
অঙকপনি মহাক
ঙসাইমখৈ লেং লেং চৎলম্বছু
তুমিন লৈগ্রে হৌজিক্তি
তাগ্রে অকংবা চৈতেক্লুম।
এ, তাৎ হৈখরে কাকথৈ মহাকস্লু,
খঙখি মুমিত্তু দগী
কাকথৈগী লমচৎ
কাকথৈগুম্লবশিংগী লমচৎস্লু।

২-১০-৭৬ ইং

 

## "লৈখোমগী মুর্ত্তি"

শাগৎলুই ঐগী ৱাখলনা
মুর্ত্তি অমা ।
লৈখোমনা শারুবা মুর্ত্তিনি,
শোয়দনা তেকখরগদবা ।
তেক্কনি খণ্ডনা খণ্ডনা
শাগৎলুবা মুর্ত্তিনি,
করিগুম্বা পোৎচঙ অমত্তা য়াওদে
সুপ্নগী অপেৎপা লৈখোমথক্তনি
শাবা লোইরে হৌজিক্তি,
মোমোন নোকচরে ঐগী থম্মোয় .
অদুবু
তুংগী ৱাখল খলহৌদ্রে,
শেমজিনহৌদ্রে মুর্ত্তিদো
কায়রক্লে হৌজিক্তি মচেং মচেং ।
মতম অমদা
নোক খেরম্বা থম্মোয়
কায়খরে হৌজিক্তি শিংকুপ শানা ।
হৌজিক্তা খম্নরকই
লৈখোমগী মুর্ত্তিনি ঐনা শাকবদু ।

১৯৭৬

## "মীশা"

নখোয়না খঙদে
নখোয় করি ভৌগ্রে হায়বা ।
নশাগী নপোৎ হুরাঞ্জবস্থু খঙজত্রে,
নমিং তাংলবনিকো নখোয়সে ।
ও ! মুংশিদা
রাদবা ওমদে নখোয়গীদমক ।
তুংগী করি ওইরগবা
অমুক্কা য়েংঙ্নে,
নশানা নশাদা
নশাগী নখোঙ নখুত্তা
অঙাংবা ঈথেং শিন্থবিবদো,
নশানা চাক্সখিবা নংক্সা নশাগী শাদোং
কাওরবরা নিংশিঙবা থোক্রবরা ?
নিংশিঙবা থোক্রবদি
ফাকংলু মীহৌরোল অপঙবা নিংথৌরেলগী
য়েংঙ্ অঙাংবা মঙ্কা ইরিবদো
"মশানা মশাবু চাখি
মচিঞ্জাক লৈনা লৈনা
অপঙবা নিংথৌশিংঙ্গুনা"

২৪ । ১২ । ৭৭

# খোঙ্গুলগী ৱাংমদা

খোঙ্গুলতুগী ৱাংমদা
লৈরম্বা য়াই অতোপ্পা খোঙ্গুল অমা,
অসুম্না খল্লি ঙশাং মচাশিংতুনা
চোংই লৈজবা পাঙ্গল ফুদোকুনা
তাই লৈকংথক্তা মখোয় পুম্নমক।
য়েংনৈ মখোয় মশেল
থৱায় ৱানা
থম্নে মখোয়গী পুক্নিংদা
লোইরগদমাল্লে ঐখোয়গী পুন্সি।
চপ মান্নবা অমুক্তং
য়েংলম্মী অরোইবা ওইনা
লাইজ কংলবা খোঙ্গুলতুদা।

৫-১০-৭৭ ইং

# "থরোই মপী মচা

মফম অদো
য়েংলম্মী অরোইবা ওইনা অমুক্তং,
তূকথরবা মমীৎশিংতুনা
লৌরিয়া কাচিন্দুদা ।
'লোইরনি ইমা ইচাগী পুন্সি,
থাদোক্লসি মফমসে, ঙম্ব্রা য়েংসি অমুক্তং
লৈতঙ্গায়রক্তা চৎপা
থুংলুনবা লমদম 'মদা
লাইজ ব্রাত্তবা মফমতুদা' ।
থোকখি তপ্না তপ্না থরোই মপীমচা
লাইজ কংলবা যণ খোঙ্গুলতুদগী ।
কনানা তাবীগনি
ব্রাব্রবা থরোই মপীতুগী
ফুইনা হোনবা মুংশাশ্বর ।
লেপ্তনা চৎখ্রি অস্নুস্মক
কংলবা লৈতঙ্গায়রক্তা
ব্রারবা থম্মোয়বু পুতুনা ।

১৯-৬-৭৭ ইং

# "ইম্ফালগী মৈ"

খঙহৌদনা মুংখিবদা,
ইম্ফাল কোম্নুংগী বিজুলি মৈঙালনা,
লম হেল্লবা খুৎতু তিংথোক্লকখি
শা মচা অমা ফাখি
শেত্তুনা চাখি
ঈ চুপখি
পাঙ্গল্লবা শা মপী অতুনা।
অমুক লাক্লবদা মৈঙালতু
উনরকখি মীয়াম্না
চেম্থরিবা ঈখেংতু
য়েংনখি পেম্না।
অমুকস্তু মুংখিবদা মৈতু
ইম্ফাল কোম্নুংগী পলিদা শাংলম্না থম্বালতু
শাংফম্ন নত্তে হায়তুনা
হেক্কুংখি
শেগায়খি মচেৎ মচেৎ
থমচেৎ চাথোকখি।
অমুক লাক্লবদা মৈঙালতু
য়েংবতমক য়েংনখি,
য়েংবতমক য়েংনখি,
শেগায়রবা থম্বালগী মৈনাতু।

১৯৭৮

# "থরায় অমগী রাকৎ"

লাক্কে ঐস্মু
নঙনা চংপা লমদমহুদা
নতুং ইন্দুনা ।
পুবিরো ঐবু খুৎশম্মনা
শকখঙদবা লমদমহুদা চংপদা ।
ঐস্মু য়েংগে শক্তমশিংদো
ফজ ফজরবা,
য়েংজগে মুমিদাংবাইগী ঙাঙানরবা নোংজাবী ।
তাজগে ঐস্মু নিংথি নিংথিরবা নৈশেগী শুর
তাজগে হারিগী শৈরোল
তাজগে মিরবা তাম্নাগী খোঞ্জেলস্মু ।
পুবীযুনে অরাংবা চীংদোলদস্মু
য়েংজগে চীংথক্তগী
তম্পাক্কী ফজরবা শক্তমশিং
পুবীয়ু উমুংবুংদস্মু
য়েংজগেনে লোৎলব্রা হায়না
হীরা, মুক্তা ;
ঐবুস্মু য়াওহনবীয়ু
তাইবঙ লীলা শান্নবদা ।

( জুন, ১৯৭৮ )

# না পঙবগী তাইবঙ

নঙস্তু মীনি ঐস্তু মী
মীনি মী
ওফিসকী চৌকিদা ফম্লিবত্তস্তু
মন্ত্রিগী ফম পায়রিবত্তস্তু
লৌরিগী কাচিন্দা হিপ্লিবা অঙাংত্তস্তু
চীংনুংগী শিংনাংলক্তা শিংজা য়াল্লিবত্তস্তু।
ওইরবস্তু য়াইফকোনগী মচা
ওইরবস্তু লায়র' মচা
মীনি মী।
নঙস্তু ঐস্তু থম্মোয় পাল্লি
খঙই নুংশিবা
খঙই অৱাবা
খঙই নুংঙাইবা।
ঐস্তু খঙই মীনা চারিবা চিঞ্জাক্কী মহাও
নঙস্তু খঙলমগনি
নঙনা চারিবা চিঞ্জাক্তুগী মহাও।
ঐনা চৎকদবা লম্বী ঐনা খঙই
হিংবগী হক লৈ ঐগী।
অত্তবু মখোয়না ঐবু চৎপা থিংলি
ঐগী হকপু মখোয়না মুল্লি,
ঐনা লাউজবা তাবীদে কনানা;

খঙলকই ঐ,
মনা পঙলম্লে ঐগুম্বশিংদো।
মবুক নোয়বশিংহুনা
চরি তৎপ শিংহুনা
লুপানা লশিং শাহুনা
মেনশিনবীরম্লে মনাকোংশিংহু,
মখোয় ঙম্না মনা পঙলম্লে।
ঙাঙলি মখোয়গী মচিনশিংহুদি
চবেং চবেং হৌনা হৌনা
রাহনফম খঙদবা রাহৈ ঙাক্তা।
মনা পঙবা ঙাক্তনি মখোয়
অমনা ঙাঙবা অমনা তাদে।
তারুবদা ঐস্সু
হৌরবা নিল্লবা
মনা পঙবা লিশিং লিশিংগী রাহৈশিংহু
তৎকদৌরে নাকোংত্রম,
অহুদগীদি ঐস্সু মখোয়গুম্না
ওইরগনি না পঙবা।
তাররোই কনানা ঙাঙবা কনানা শকপা
ঐস্সু ঐনা থোকপা
ঙাঙলগনি রা খোঞ্জেল হৌনা হৌনা
ঐগী খৌনাওনা তৎত্রিমথৈ।

১৬–৪–৭৮ ইং

## "কৈগী ময়া"

"চীক্কে, চীক্কে"
"চীকম্নু,
চীকম্নু পৈশা পীনি" ।
চীক্কে চীকনবা কৈত্থু
তেখি,
ব্রা ঙাঙখিদে
মচিন লেঙখিদে,
উশন্নদে মমাঙদা শান্নবা লীলা
তূমশন্নৈ,
মমিৎ উইশিল্লি ।
মরুপ শান্নখি হঙোই ময়ামত্থগা ।
হঙোই মপীত্থু মোমোন নোকচৈ,
পৈশা চবুন ইনশিল্লি
লাওনা কাথোক্লিবা কৈগী ময়াত্থুদা

২২ । ২ । ৭৮

## 'কংলৈপাক"

লৈক্রুক চৎলে
লৈকংলা ওন্দোরে
কংলৈপাক।
নোং চুদরে
মুংশাগী মৈনা কারে
মুংথিল চুপ্পা ওমচাক্লরে।
অশাবা মুংশিং শিংলে
অইং অশা ওল্লরে মহৌশাদগী
অসিবু করি মতৌনো?

১৯৭৯

# অহাংবা অতিংঙাদা

থরাম্মিচাক অমদগী অমদা
অমদগী অমদা
মথং মথং
মথং মথং
চংলুসি, থিরুসি
করি নৈরিবা কদায়দা ।
শিংলিগী ঈচেল্লনা লেপত্রিফাওবা
পাইরুসি অস্নুম
অহাংবদা
অমম্বা অতিংঙাদা
তামথ্রবা থরাম্মিচাক্কী
মুংশিরবা মৈঙালদা
নঙ–ঐতমক
কনাস্নু য়াওদনা ।
কিরোইদবনি নঙ ঐনা
খোঙলোয় য়াওদে হায়ত্নুনা ।
চংতমক চংসি
অস্নুম লেপ্পুনা
তুম্মিন তুম্মিন
খুংশয়্যনা ইবাম্লি
নঙস্নু নঙগী রাখলদা

ঐস্নু ঐগী রাখলদা।
লৈরম্নবস্নু কত্তবা লাইম্নাম
চৎসি অস্নুম্মক
চৎসি অস্নুম্মক
খুৎতা পায়ম্নু
থাদোক্লরোইসি ঐখোয়'নি।
নোংথাংগী মৈরিদা চোংশিনসি মৈরাম্বীগুম
লৈচিল পোমায় হাইদোক্লুনা।
পুখ্রবস্নু খোঙ অসি
অমম্বা অতিংঙাগী লৈরোল্লক্কা
অস্নুম্মক চৎনবা হোৎনসি
পোথাবা নাইরোইসি
অস্নুম্মক চৎসি
অস্নুম্মক চৎসি।
থিরুসি করি লৈরিবগে
কদায়দা ;
অহাংবা অতিংঙাদা
শিংলিগী ঈচেলনা লেপত্রিদ্রবৈঙসিদা
চৎসি চাম্নবী
চৎসি।

৩০। ৪। ৭৯ ইং

# শোল্লবা ঐগী হকচাং

মখোয় কয়াত্থুগী শারৌনি
ঐহাক ইতোমত্তা ঙাম্নরবদা
অচিকপা তাঙ্গাত্থুদা
অমম্বা অহিংগী অমম্বা কাচিন্দা
তাঙ্গা য়েংলিবী শজাওবীত্থুনা
চেজেংনা কোনশিল্লকখি
ঐগী হকচাংসিবু
নোয় পেল্লবা মহাক্কী থবাক মপাদা।
ঐগী শিংলিদা চেল্লম্বা ঈগী ঈচেল
লেপখিবনি মতমত্থুদা
পঙথখিবনি য়াখলসু।
মখোয় কয়াত্থুনা মতম কন্নাদগী
ঙাইরক্লবা তাঙ্গানি।
নোয় পেল্লবা শজাওবীত্থুগী হকচাংদো
থোংলমগদবোই নিংলম্মী লশিং মকোলগুম,
অত্থুবু, নাম্ফোকপগী ইতিক লৈত্রে
শোল্লবা ঐগী পাঙ্গলনা
শজাওবীত্থুগী খুৎপায়দগী,
মহাক্কী হকচাংত্থুদি
কল্লবা শক্ল ঙাক্তা ওইরম্লে,
ঐহাকপু চপথায়রক্লবদা অম্সুম অম্সুম

কয়ারক লাউজখি, 'ঐবু কনবীয়ু'

অহুবু
অকোয়বদা লৈরিবা মীশিংহুদি
ঐবু য়েংলগা নোক্লম্মী ।
অহুদগীদি
ঐহাক জ্ঞান তাখিত্রবনি ।

১২ । ৪ । ৭৯

# কপকন্নু কপচেৎপী

করিগী কপলি কপচেৎপী,
তাওনে ৱাৱীসে
নোক্লিংবা পোক্ত্রা য়াম্নমক ?
করিগী তিন শিৎলিবা
মখোয়বু য়েংলগা
নুংশিত্ৰনে মখোয়শিংসিবু ।
মশানা মশাদা হংলিবসে
মশাবু কনানো,
করি পাওখুমবু পীনি ।
নুংঙাইবিত্রা কুম্মৈসি
মমায়দা পাইশিল্লকপা খুৎপাকসিনা
ডল মচেংসিদা পানথ্রিবা
শাওরম্বত্থনা নোকথ্রিবা,
কপলুম্নু চান্নবী
নঙনা কপ্লগা
অঙাওবীনি হায়খিনি ।

১৯৮১

# কেনখ্রবা লৈরাং

কেনখি লৈরাং
লৈখোক্তুগী।
মতমমতুদা করিস্সু খলহৌদে
নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওরম্মী
ঐ হরাওরম্মী, ঐ নুংঙাইরম্মী
ঐহাক, অরাবা মশক খঙলমদে।
কেনখ্রিবৈঙে লৈরাংনা লৈখোক্তুগী
ফজরম্মী ঐহাক্কী ইশক ইতৌ।
ওসিদি ইথী থীজল্লে শকস্সু
পাংগনস্সু ইশোন শোস্থরে ঐহাক,
রাখল লৌশিংস্সু অমত্তা থোকত্রে
লায়নানা য়োমশনখরে হকচাংস্সু।
নিংঙ মলক্কেদা খল্লুরগদি
পাম্মূরকই পাম্মূবী লৈরাংতু,
অতুবু কৈদৌনি পাম্মূতুনা।
অমুক হন্না শাংলক্লরোই লৈরাং
কেনখ্রবনি লৈরাং লৈখোক্তুগী।
অমুক্তদি শাংথোবা হে লৈরাং।

১০।৭।৮৪ ইং

# "থেংনখি নঙ ঐ কুনগুবা চহিচাদা"

মুমিত্তুদা
নঙ নোকখি,
ঐস্থু ; ঐস্থু নোকখি ।
ময়াই কাখি নঙগী ঐগী ৱাখল
ঈথক ঈপোম হৌখি মুংঙাইবগী ।
ঙসিদি,
কা অসিদা
ঐহাক ইথন্তা ঙায়রবদা
ঐনা খল্লকই
হৌজিক অসি ১৯৮৫ নি
কুনগুবা চহিচাগী মমৈনি
কুম্মাথোইস্থুবা চহিচাগী মীৎকপ থোক্কদোরবনি ।
ঙসিগী মাঙেম, ঙসিগী মীওইবা,
তরাই তরাইবা নত্তে ।
লুথ্রে, য়াম্নমক লুথ্রে ।
অতুদগী,
অতুদগীদি ঐ কপ্পী
ইথন্তা কপ্পী
অচিকপা কা অসিদা ইথন্তা ।
ঐনা কপ্পগী মরম কনানস্থু হংলদে
করিগীনো ?

মীওইবশিংসিনা অসুক মুংশি হৈনত্রিবসিবো
মীগী অরাবা অমতসু হংন তানত্রিবসিবো ?

কাতুপ,

ঐনা লৈরিবা কা অসিগী থোং থোংনাও
লোনখ্রে, ওন্নমক লোনশিনখ্রে ।
অতুবু ঐনা তায় মপালগী থোঞ্জেল ।
অরাংথংবা কাদা নোক থেবগী থোঞ্জেল তায়
মথারোমদনা মীকপথোল ( কনাগুম্বা অমগী ),
শেৎন-খায়নবগী মীকপনি
নত্তে হরাও তয়াম্বগী ।

অতুগা,

ঐগী, ঐগী মীকপতি
তারম্লোই, কনানসু তারম্লোই ।
ইথন্ত মৈচাক মৈচেন্নজবনি ।

করিগীনো,

নঙ খঙবরা ?
নত্তে, নঙ করিসু খঙলম্লোই,
ফৈ, খঙদবতুনা ফৈ ।

অতুগা অমুক ঐ কিরকই;

কিবগী মরমদি
নহাক্কা খঙলবসু খঙশন্নররোই,
মরমদি নহাক কুনগুবা চহিচাগী মীনি ;
চহিচা অসিগী মীওইবসি
খঙলবসু খঙশিন্নদবগুম তোরে ।

অদুবু,

নহাক্কা নোংমতংদি নিংশিঙলকপা ফৈ

নঙ ঐ নোংমখক নোকমিল্লখি হায়বত্নু।
ব্রারী ; ব্রারী য়াম্না লৈথ্রে,
ব্রারীচুদা ঐনা কল্পগী মরমস্থু য়াওথ্রবনি।

ঐবু,

ব্রারীশিংচু লীখিসিরনে
নত্তে, ঐ ব্রারীশিংচু লীররোই।
মরমদি ;
ব্রারীশিংচু লীবগী লোইবা নাইররোই।
পুন্সি লীশাং অসিমা
ব্রারী লীবদা কোম্লথ্রগনি।
মতুদি ঐ পামদে
ঐদি পুন্সিসে আর্থ লৈহন্নিংই
অতুবু খঙ্গবতা ডায়রবনি
ঐনা লেল্লিবা পুন্সিসিদি
আর্থ চেন্দ্রবনি, পুন্সি নৎত্রবগুম্লবনি।

ঐনা খল্লি ;

নহাক নোংমতংদি ইনাক্তা লাকখিগনি,
অৱা-মুংঙাই হংন-তানরখিগনি নঙ-ঐ।
অতুবু নহাক্তি লাকপা লৈখিদ্রে
নহাক অস্নুম্মক লাকখিদ্রে।
কয়াদি কুইরে নঙ খল্লু
নঙ-ঐ শেংন-খাইনখিবত্নু।

ঐনা উই,

নহাক কৱিস্থু নিংশিঙদ্রে
লোইনমক কাউথ্রে।

ফরে,

কাউখিবত্নুনস্থু ফরে

( ঐনা অসুম্না অমুক খল্লকলে )
মরমদি ;
মরমদি অকাওবা হায়বসি মীওইবগী মনাংনি
মীওইবশিংসি অসুক্কী মতিক কাওজন থী
অসুক্কী মতিক কাওগল্লি ।

ঐস্মু,

ঐস্মু ইকাও কাওরবনি
( কাওজন থীরবা মীওই'পোক্ত পোক্লুবনা )
ঙরাং মুমিদাং করি য়েনশাং চাথি
ঙসি অযুক্না করি চাখিবা
ঐ নিংশিঙবা থোক্রে,
ঐ করিস্মু নিংশিঙ'ঙমদ্রে ।
মসিমক্না ফরেদা
করিস্মু নিংশিঙদবসিনা ।

১৯৮৫ ইং

# "চীংন্নুংগী লৈরাং"

লৈকা ফন্না শাংলিবী লৈরাং
কনাগীদমকনো নঙনা লৈশাং তম্লিবা।
নারক মোংশোংলক্তুদা
নথস্ত মোমোন নোকপদি
করি রাখল খম্বনো।
তাইবঙ কনা খঙহন্দ
ঙুজা ওইবী কনানা
নঙবু ডাকচৈ শেঞ্জে চেকশিন্না
নরাইবক ফৈদকো লৈরাং নঙসে।
লম্লাম্বা খোইমুস্থ তোংহনদে
উফুল রাইফুলস্থ পাকহন্দে
শারবা ন্নুংশাগী মৈশাস্থ লাংহন্দে
রাকচিংগী উল্লেনস্থ য়োহন্দে,
নরাইবক ফৈদকো লৈরাংও।
ঈরম খোংলম ওইরিবী
মন্নবা লোকন্নুংহুদা
তনিক তানিক খাংজরিবী,
রাগন্নু লৈরাং
লাক্কনি নিংজবা খোইমুত্থ
তোংলখিনি লৈকাদা
চুপ্লখিনি লৈহি খৌবোম থন্না,

মতম অছু য়ৌথ্রিফাওবদি
খাংখো লৈরাং নথস্তা
মম্লবা লোকসুংহুদা ।
অহিং তাংলৌ অথেংবদা
পাইরক্কনি লৈপাম্বা খোইমু
লোক্লুংগী থোংজাও হাংলখিনি
নাপ চিক্লা ফোংদোকচহৌ সুংশি য়ারা ।
মতম অছু লাক্রিফাও
তুমিন্না শাৎচৌ লৈরাংও
নথস্তা লোন্না থুপ্পা, চিক্লা ।

২৬-৯-৮৬ ইং

## "নমচৎ নাইদবী নম্বুল"

ঈচেল তপ্রবী নম্বুল
নঙনা অস্নুম চেন্থে, অস্নুম চেন্থে
অমোৎপা মপে মপে
ঈম্ফাল কৈথেলগী,
অতুগা লোংশনথি
ঈপাকলাইজ ঈরোলম্নুংদা
নঙসে নরমচং নাইদে।
ইম্ফাল কৈথেলগী অমোৎপশিং
খুঙ্গংদস্নু য়োহল্লি
লায়না পোকহল্লি মীওই কয়া, খুঙ্গংগী
নরমচং নাইদে নঙসে।
লৈশা লৈশানা মচা ফংখিবী
মুপী অমগী মচা
হাংতে।ক্লগা হুম্বরকখি
অহিং তাংলো অথেংবদা
নোংজু থাগী থায়ায়দা,
নঙনা তমথীবী শক্লোন পুরহুনা
খোঙজেল য়াংনা চেল্লহুনা
লোংশনবীথি অঙাং না।ওব্রাহুবু
তাইবঙ কনাস্নু খঙহনদা

ইম্ফালগী মৈ

নাইদে নওসে নরমচং

লমচং নাইদবী সুপীহুবু

কনবীথি নওনা ইকাইনদগী।

তমথী, য়াম্না তমথী

নম্বুল নওসে।

১৯৮৭

# কদাইদনো মালেম

তুই ময়াম পোঁক্লকই
হৌদোং কয়া অমস্থ ;
খোংনৈ লাউনৈ চিকৈ.
কনানো চুম্লিবা কনানা লাম্লিবা
অমতা খঙনদে ।
লমহুইনা খল্লি মাতনা মফরে,
য়োংনা খল্লি মাতনা মশিংলে
কৈনা খল্লি মাতনা মকল্লে
শমুনা খল্লি মাতনা মচাউরে ।
যন্না নাপী চায়
কৈনা যন চায়
কৈনা কৈ চায়
নোংশানা কৈ চায় .
টি, এন ভিনা ত্রিপুরাদা
শিখনা পঞ্জাবতা
তামিলনা শ্রীলঙ্কাদা
কয়িবু পামলি, কয়িবু তাল্লি ।
দিভেল্লপিং কনট্রিজ, দিভেল্লপ কনট্রিজ
স্থপর পরার্স, ইন্দিয়া, বর্ম্মা
য়ু, এস, এ—পাকিস্তান
য়ু, এস, এস, আর—ইন্দিয়া ।

ত্রিটি, একোর্দ, নন এলাইন ;
টেরোরিষ্ট ইক্সত্রিমিষ্ট, মিলিটেন্ট
বোর্দর ইস্যু,
কাংলুপ অনি কাঁন্নবা ।
কদাইদনো মালেম —
কদাইদনো মীওইবা —
লৈরি হায়বদাই
তরাম্নবা প্লেনিট অমা
নতুনা ওক্সিজেন ফংলিদ্রা ?

৩১ । ৮ । ৮

## চেক্কী দোল্লাম্নুং

চীংয়া তময়া
লবুক লমহাং
উপাম্বীশিং
হানৌশিং
খোঙ্জেলশিং, হারোগী,
তাম্নাগী, হারিগী ।

নিল খোংলবা সনাকৈথেল
খোঙ্জেল ইঙ্গিনশিংগী
স্বর ফুল্লবা মৈখু
নমথীরবা মনম
অমোৎ অকায় ।

নওগী খাংপোক,
চকুগী খাংপোকন্নুংদা
মোমোন নোকমিন্নবা
অরৈবা খরা চা নোংমগী
ও, অতুনি মুঙাইবা
খুম্বাল পুন্সিগী মুঙাইবা ।

কদায় নওগী দোলান
চেক্কী দোল্লাম্নুংহুদা
লান ;
অহন অতোম্বীগী লান

লন মুন্নবগী লান
অহুরা মুঙাইবা ;
পুংজা থুদিংগী ঙংনবা
পুংজা থুদ্বিংগী চৈনবা ।

১৭ । ৫ । ৮৮ ইং

# থরানগী অহিং

য়েংউ মালিকা,

মুমিংসি তাশিল্লক্লে

অতিয়া অসি অমম্বনা কুপশিল্লক্লে,

লোয়ননা মীওইবশিংসি লমচৎ নাইরক্লে।

হৌজিক অসি থরান মমৈনি

য়েংউ মালিকা,

হুই অমোমশিংসি কোম্থোং রাংমা লানগ্রে ;

হুই লাবশিংসি থংনরক্লে

লমজাও শরক অসিদা

অথেংবা অহিংগী তাংলৌসিদা।

অদুগা য়েংউ,

মীওইবা কৌবা শাদু

মথুং মশা শাংদোরক্লে

অহিং তাংলৌনা থেংজিল্লকপদা,

মপান থোরক্লে, চিঙ্গাক খিরক্লে

হৌদোংগুম, হুইগুম।

করিগীনো মালিকা,

নঙনা নশমদু থবৎ ককথৎলিবা ?

অদুগা করিগীনো

ফনেক শেৎত্রিবা,

নওবু মুপা ওল্লগেরা
চুই লাবগুম কোইচং চৎলগেরা
থল্লান থাগী অহিংসিদা ?

ইকাইজ্রা নওবু

ফনেক শেৎলু, নশম শাংহল্লু
লিরি খোইরিউ মুপীগুম ।

৫। ১২। ৮৮ ইং

## "শারংমুংগী শা"

ঐগী শারংম্নুংদা
শা মগী অমা লৈ ।
কাওরকই চোংলকই থীল্লকই
মপাল থোক্কে তেমশিংলকই
ঐনা অচিকপা মফমদা লৈবকান
মানা মচিঞ্জাক উবকান
শারংগী মপান্দা ।
শারংগী পৌরোন লোনশিঞ্জে
চেংনা য়াম্না চেংনা
পাম্বোম' পাঙ্গল পুথোক্কুনা
হুমাং তাবমখৈ ।
মুংশা থীজে ঐ
শারং' পৌরোন থুদেক্কুনা
শারং লাম্না চংখিহুনা
তাইবঙ মীশা চারুগত্রা থম্বদা ।
ওসিদি,
ঐগী পাঙ্গল শোজিল্লক্লে
থুইজিল্লক্লে তগাং তগাংলম্বা উনশাশিং
ইনা তাথীরে
ইম্না য়াওত্রে,
কোয়ননা শারংমুংগী শাম্নু

য়ুমশাঙ্মা তেপ্রে
কুম্মুনতা লৈপ্রে,
শারংগী পোয়োন হাংলফাও
মচিফাওবা লৈংবীদ্রে
ঐগী শারংম্নুংগী শা।

১৯।৫।৮৮ ইং

# মী চাৱী (১)

মশিং থঙদনা নঙনা চাখ্রে
মুপা কয়াগী থৱায় চুপখ্রে
ওইহনখ্রে অরেংবা, থৱায়দি য়াওরবা
মেচিনগুম্বা রোবোটকুম্বা ।

ঐস্থু ওইরে রোবোটকুম্বা
চুপখ্রে নঙনা ঐগী থৱায়
শেলতবু পাম্বীনি নুঙশি
মুংশি মশক থড়দবী ।

নঙগী উমশানা মুইংকার
চানিং থকনিং লাওরকান
ফংলকখিনি নঙসু তমখীবা চৈনা
কোকওমরবা লাকলগী চৈথেং ।

১০ । ৭ । ৮৮

# "কনানো নঙনা ঙাইরিবা"

রাখলগী তময়াদা
লৈরম্মী নঙনা তুমিন্না লেপ্পুনা।
হায়ম্মু কনাবু ঙাইরিবনো
চান্নবী মহাকপুরা,
অশিবগী পুংজায়া,
লাইবক ফবা ভাঙ্গায়া,
হায়রু করিনো নঙনা পাম্লিবা।
ঙাইবতনা থৌশিল ওই
নপুন্সি লিশাং হৌখিবা
খঙহৌ উহৌবগ্না নঙবু।
মতমগী থোঙজেলনা চোল্লিবা
অয়াংবা রেলগাড়ীগুম
উদবরা নঙবু, তাদবরা?
থোক্লিবা হুমিংনা কয়ারক তাখিবা,
থোক্লিবা থাজনা কয়ারক শিখিবা
মশিং খিহৌবগ্না নঙবু।
নঙনা লেপ্লিবা লম্বীহুদা চংখ্রিবা মীয়াম
মশিং খঙহৌব্রনে নঙবু?

হায়ব্রু কনানো
ঙাইরিবদো নঙনা
লেপ্পুনা নথঙু তুমিন্না
কৌবা হংবা খুমদবমখৈ।

১৭।৫।৮৮ ইং

# ঙাইহৈরি নঙবু

লাক্লম্মী নঙনা
ঐগী থম্মোয় লৈকোল্লুংদা ।
নঙনা লেপ্লম্মী মীকুপমতং,
লৈকোল' লৈতেং লৈওইনা
ফজ ফিজোল ফিজেং'না
শৈশক শৈদা শৈশক'না ।
ময়াই কার' থম্মোয়না
নঙবু ফাগে থঙ্গখি
পান্থোম পাঙ্গল তিংহুনা ।
মাংখি নঙদি খুদক্তা
ইদোম নিংবা কায়হৌই
হিক্লা হিক্লা ৰুপহৌই
থম্মোয় তকসি শোলহৌই
চাক্লা চাক্লা খাংহৌই ।
লাকখোগবা চান্নবী
ঙানবীরখো ঐগী থম্মোয় লৈকোল্লুং,
মালেমশিনবনা খঙবীবা
মীংচৎ মীংফাও' শৈরাংবা
ওইহনবীয়ু অমুক্তা ।
খেংল' অহিং কয়াদা
মীচিক মী'খোল তাব্রবদা

থাবল্লক্তা খোক্তুনা
নহাক লাকপ্রা য়েংজরি,
লাক্লোগবা ফজবী
ফজথোইবী ফজবী
শৈরেংগীদি লাইরেম্বী
তাইবঙ থগোয় শুমহনবী ।

২০ । ৫ । ৮৮

# মীওইবগী ৱাহং

মমশিনগ্রে অতিয়া
থোক্লম্বা মুমিৎ
লোংখ্রে চীংজাওগী মরুমদা ।
থাজস্থু থোক্ত্রে
কুপগ্রে অতিয়া অমুবা লৈচিললা ।
কুনগুবা চাহিচা লোইশিল্লক্রে
শেংলম্বা অতিয়া
ওসিদি মৈখুতনা মমগ্রে
ফংদ্রে অশেংবা মুংশিং ।
নিউক্লিয়ার ৱিল্টরগী অকিবা মঙলান্দা
মীপাইনৱে মীওইবা ।
হংনরি মীওইবনা
মালেমসিবু কয়াম কুইনা খাংখিগদৌরিবা ?

১৬ । ৬ । ৮৮

# মী চাবী (২)

অৱা মৈশা লাংলবা
তাইবঙ পুন্সি কয়া
লানবীথি নঙনা
কোকহনবীথি অৱাবা।
অরানবা ৱাখলনা লীচিং ওই
তাইবঙবু ইৱাং হৌহন্বা
অৱা মৈশা লাংহনবা
পুন্সিশিংবু লানবীথি।
নঙগী খয়াৎম্নুংদা চঙথি
তাইবঙগী অচৌবা মীওইশিং
অরান খুভম তানখি
মপুগী থৌজাল ফংজখি।
হিংলিবা ঐখোয় 'পুম্বা নোঙমদি
উমথ্রগনি নঙগী খয়াৎনা
মাংথ্রগনি মৈখু ওইনা
তিনথ্রগনি লৈচিল্লক্তা

১০।১।৮৮

## "ৱাহং"

পাংখুম ফংত্ৰবা ৱাহংনা মালংদা তিনখি
হংবদি লেপত্রি ঙসিস্থ
"নঙগী থম্মোয়না করিবু র্থল্লিবা" ?
নঙনা করিস্থ হায়থিদে
তুমিন্না লৈথি অস্থম্মক
মোমোন্তমক নোকথি চিন্বান্না ।
ঐদি খঙদে
নঙগী মীনোক্তুগী আর্থ ।
তশেংনমক লুই
মীওইবগী পুক্লিংবু
মরিকচুন্না খঙবসি ।

১১ । ১০ । ৮৮

## মঙাও থীরবা

নোঙমনা শাওখি
নোঙমনা নোকখি
        করিনো
        নঙনা শাওখিবগী মরম
কপখিবগী মরম
        নোকখিবগী মরম ?
হায়যু, পাওখুম পীয়ু
        ঐগী ৱাহংগী ।
তাইবঙপালসে নমথাক হৈরে
লৌনম চাওরে
        ওইদবনা কুপ্লে ।
শেগায়বা ডম্বা কনানো
        কুয়াংপাল ;
        ওইদবগী কুয়াংপাল ।
থোরকউ হে থৌনাফবা
        নঙগী পাঙ্গলতনা
    সুক্কৎলরো মালেমসে,
নঙগী ৱাহৈ অমনা
        থম্মোয় খুতুম চল্লরো
        ঐখোয়গী,
        লমজিংলরো মীওইবা খুনাই

নমথাক লৌনম চাওবা মীওই' খুনাই ।

উদরা য়েংঙু

লানগী থৌরাং,

অরোনবা খুৎলাই

অরোনবা লাম্লোং

অরোনবা শারৌ ।

ঐ, য়েংউ,

কয়াদা মঙাও থীরবনো

মালেমগী মীওই' পুম্ব:স ।

১০।৫।৮৮

## "লম্বী"

নঙনা চংখি লম্বীতুনা
তাইবঙ কনানা চংনদবা
তিংখং তুম্বৌনা থল্লবা।
নঙগী খোঙয়াদগী তাহৌবা ঈখেংনা
চামথোক্লগনী লম্বী।
নঙনা
শেল্লম্মী লম্বী
ফজ্জরবা লম্বী।
মতম'মদা কীনরম্বা চংবদা
ঙসিদি ওইরে ফজ্জরবা লম্বী
চংনরে মীওই লিশিং লিশিংনা।
অতুবু লৈরি খুদোংথীরবা লম্বী কয়া।
হে, তুংগী নহারোল অথোবশ্রা
লাও শেমসি লম্বীশিংসি
তিংখং তুম্বৌ লৌথোকুসি
নারক মোংশোং শেংদোকস্রি
ওইহৌনবা ফজরবা লম্বী
মীয়াম্না চংনবা লম্বী।

২৭।৫।৮৮

# সোরারেন্দা ঐখোয়'নি

লাপ্পঙ্বস্মু, উনখিত্রবস্মু নঙ ঐ
উনগনি ঐখোয় সোরারেন্দা
শান্নমিন্নগনি ইরোইহুনা নিংথৌ তুরেলদা
তোংমিন্নগনি ঐখোয়'নি মশা পানবা শগোল
কোয়না পাইগনি ঈশৈ শক্ক শক্কহুনা।
লৈচিল অমুক ওন্দুনা
কোয়না পাইগনি মফম খুদিং।
হেকমিন্নসি থরাম্মিচাক চরোং চরোং
চাইথরকসি মালেমথক্তা জ্বাই জ্বাই।
ওনগনি ঐনা কোকিল
কুহু কুহু খোংগনি
ওনগনি নঙনা রাহোং
শাগনি জগোয় লৈন লৈন।
ওনগনি অমুক খোইমু
থিগনি লৈহি কোয়না
ওল্লস্মু নঙনা লৈরাং
শাৎলস্মু লৈকা ফন্না
মপু মাগী নিংথিরবা লৈকোলদা।
সোরারেনগী পাৎয়াইদ'
চংমিন্নসি ঐখোয়'নি
রাকয়ৈ হিনাও তোংহুন।

ঈশিং চাইবী শান্নসি
চাইথসি ঈশিং মালেমথক্তা
পেঞ্জসন্নু ঈথৌ লাংবী মালেমস্থু
হমগানরকসন্নু চরাম্লরবা পাম্বীশিং
মহৈনা জুম জুম পানসন্নু
ত্তাইবঙ থরায় পেন্নজসন্নু ।

৫ । ৬ । ৮৮

# চেনসি ঐখোয়

অমুক কায়নবা অমুক উনবা
হৌনশানি তাইবঙগী,
কায়র্নানি ঐখোয়
উননি অমুক ঐখোয় ।
মাংহনগুমসি মতম কপ্পুনা
কাম্নবদা পিরাং তিংহন্দুনা
তেংথা নাওইহুনা
কায়নবগীদমক ।
মাংহনগুমসি মতম নোক খেহুনা
কা হেন্না মুঙাইখোক্তুনা
উনবগীদমক ।
ৱাকপু কায়নবগী
হরাওকপু উনবগী
থবক শু মেচিনগুম, রোবোটকুম ।
তৌগদবদি য়ামখ্রে
ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সিদা,
য়েংঙু মতমগী ঈচেলসে
কয়াদা য়াংনা চেম্থরিবনো ,
চেনসি ঐখোয়সু
মতম মাগা ইরোইননা
খোংজেল কয়া, য়াংনা ।

পম্বরগুমসি মকমসিদা
লৈরংগুমসি কম্পুনা নংত্রেগা নোক্কনা
চেল্লু, চেনসি নহারোলশা।

২৯।৬।৮৯

# ঙাওশন্নবী নুংশিৎ

ঙাওশন্নবু,

ঙাওশন্নবী নুংশিৎ।

করিগীনো,

নঙনা চঙলুরিবা
লোন্না, যান্না তুম্না
নুজা মাগী ফিজন্নুংবা
হুমদোকপীরে ফিজি
ফাহনবীরে শন্নাং
চলহনবীরে মৈ গীশিংবা।

করিগীনো,

ঙাওশন্নরিবা নঙনা ?
নশক্তি উদ
লোন্না তুমিন্না কাইগৌরিবা
ইকাইথীবী নুজা মঙেন্দা।
লমজাও শড়কনি কাওবরা
মীযাম তিল্লি'সি উদ্রা ?

ঙাওশন্নবু,

ঙাওশন্নবী নুংশিৎ।
ইকাইবা পীবীগনু
নুজা মাবু।

তগৎ তগৎ ইনথৎচরক্লিবানি
ইকাইথীবী মুজানি।
কনবীয়ু ইজ্জং
মুজা মাগী।

ঙাওশিল্লমু,

ঙাওশল্লবী মুংশিং।

৮।৩।১৯৮৯

# নঙগী দুকান

তুকচৈ তল্লি
য়েংনিঙদে নশক্তু
চথোকখো লাপ্না ইমাংদগী
লেপকন্নু
মফমতুদা লেপকনু
মফমতু নঙগী লেপফম নত্তে।
নশক্না নশক থীরিবা
নরাহৈ খোনফম্না ফজত্রিবা
তল্লি হৈনদে নঙসে।
নঙনা লৈরিবা য়ুমতু
নঙগী লম নত্তেনে,
লম্বীগী নাকন্দুদা
করিগীনো দুকান ফমজিল্লিবা,
কল্লক খম্বল্লবা ময়ামসি উত্রা
য়েংঙু নঙোন্দা তিন শিংলিসে
মখোয়না।
লেপ্লিবা নঙ
তুমশিনগ্রগনি উং ওইনা

মখোয়না য়েংশিনবদা
অহিং নুংথিল চুপ্পদা ।
য়েংনিঙদে নঙস্থু
য়েংনিঙদে মখোয়স্থু ।

১৯৮৯

# কদাইদনো য়েংলিবা

পুংজা কয়া চুপ্পা ফম্লহ্না
কদাইদনো নঙনা য়েংলিবা
লৈচিল ; মচোই মচোইরবা
মফাং মফাংলবা
অরেপ্পা লৈত্রবা
ইনখৎলকপা নহাগী ৱাখলগুম,
লৈচিলশিংসিদরা ?
নংত্রগা থাজসিবুরা ;
পোথাফম খঙদনা চেল্লিবী
খাংবা ৱারবী
মালেমগী ৱারী তানিংত্রবী,
থাজসিবুরা ?
নংত্রগা থৱাম্মিচাক্কুরা,
শায়োকশঙদা ফাজিনবীরবী
মমিৎ তথক তথক্লরবী
শজি মচাগী মতৌগুম্বী
থৱাম্মিচাক্কুরা ?

২৫ । ২ । ৮৯

# কদাইদনো নঙনা লৈরিবা

ৱারী,

অমদগী অমা

অমদগী অমা।

য়াম্না লৈখ্রে।

হংখিবদাই নঙনা নোঙমা

কদাইদনো ঐখোয়না চংলিবসিবু?

ঐনা পাউখুম পীখিদে,

ফুম্বংননা তুমিন লেপখি।

ঙসিদি লাক্লে ঐ

নঙগী পাউখুম পীগে থন্না,

অদুবু নঙদি লৈরমদে।

কদায়দনো নঙনা লৈরিবা?

লম্বাংনরবা নঙবু

অমম্বা মপৈরক্কা।

২৬।৪।৯০

## "ঐদি নুংশিৎনি, লৈথোমনি"

ঐদি পোথাদে
ঐদি ভূমদে,
ঐনা খল্লি
ঐনা ন্নারি
মালেমগীদমক
মীওইবগীদমক।
করম্না মুথৎসিগে
করম্না মাংহনসিন্গে
অমোৎপগী মৈসে
লেপ্তনা চাক্লিবসে
মালেম শিনবা থুংনা।
ইমানদি চৈ
পাবনদি ঙাংই
শুমাং ন্নাই শিল্লে
ফক্লাং অহোবা মেনশিন্দে,
কাচিন্দা মোল্লং শান্নৈ।
অদুবু ঐদি নত্তে কত্তন
ঐনা ন্নারি
ঐনা খল্লি
থৌদাং অমা পাংথোক্লে
অচৌবা থৌদাং অমা।

 

হুংশিং ওন্দুনা হুমদোক্কে
মালেমগী ওমাংদা চাইরিবা অমোংপসে
মুথংকে অমোংপগী মৈ
হুমজিন্দুনা কল্লা কল্লা।
লৈখোম ওন্দুনা মেল্লুগে
অহো অরাক কয়াসে
মালেমগী অচৌবা য়ুমজাওসিগী।
ঐবু থাদোকউ,
ঐবু ওংকল্লু
ঐ রাখল খল্লি
ঐ থবক তৌরি
ঐ তূমদে
ঐ মোল্দ্রং শান্নদে
ঐ কতন নত্তে।
ঐদি হুংশিংনিনে হুংশিং
লৈখোমনিনে লৈখোম।

২৫।৪।৯০

# লাইজ ঈপাল লাংলিবী

শম্লাংনা রাই রাই চায়থায়'
লাইজ ঈপাল লাংলিবী
তুরেল খোংবালদা,
করিগীদো ঐগী মীৎয়েংবু অসুম চিংশিল্লিবা নঙনা
হৈজিং ফারবুনা হৈয়ায়না
হৈমুন ফারবুনা হৈখানা
হৈনম শন্দোরকুনা মালংদা
মিকাহল্লি তত্তনা ঐবুসু।
মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা
নিংথিনা শেম্বী শাবীবুনা
থারকখিবদি
অউবা কনানা মীতানবরা ?

১৯।৩।৯০

## "ম্বন"

মীমাং পোমাংনিস্থু খঙদ
মীয়াম তিল্লিস্থু উদ
করিগীনো নঙনা ইঙাও ঙাওশল্লিবা ?
চখোকপ্রো চংলু য়েংনিংদে,
ননিং তম্মা শাম্লকুচোদনা
চীংয়াদা
তম্পাকদা
লবুক লমহাংদা ।
চংলিবসি উত্রা লম্পীদা
ইকাইথীবী মুজাশিং
লক্লিবসি উত্রা নওবু
মঙাও থীরবা পাখঙ মচাশিংনা ।
লাইমস্থু খঙমন্দে নঙগে
লাইমস্থু ইকাইখবা নাইদে ।

২৯ । ৩ । ৯০

# গধানা খোংহই হৌনা

খোংলক্লে লাওরক্লে
হৌনা হৌনা
গধা অসে
ঐখোয়গী গধা অসে।
অহিংদা, অয়ুক্তা অমদি শুংথিল পোবোপ্তা
খোঞ্জেল পোকথায়বমখৈ খোংহই
খোঞ্জেল পোকথায়বমখৈ।
নাকোংসি পংসনখ্রে।
চেনখ্রে ইমুংগী লাই সনামহি
লাপ্পা য়াম্না লাপ্পা।
কিরব্ধুনা
ঐখোয়গী ইপা গধাবু কিরব্ধুনা।

১৩ ৪। ৯৫

# তৌশন্নবা

ঐস্মু তৌশন্নৈ, মাস্মু তৌশন্নৈ
তৌশন্নবগী তৌশন্নবা ঙাক্কনি
তৌশন্নবগী তাইবঙসিদা।
ময়াম কোইরাং লাংই
কোইনোম নোংনী
ফিদা থাই, চানবা য়েল্লি
উৎসব অত্নদা।
মতম কুইনা শকউরুত্রবা ঐগী মরুপশিং
উথি হুমিত্তুদা,
য়েংনৈ, কৌনৈ, নোক্নৈ
মানা মানা থোকপা
কোইচেল চেল্লি কোইলাং লাংই
অচৌবা উৎসব হুমিং অত্নদা।
থবক ফবা শাশিন্নৈ
তৌশন্নৈ
মতৌ মালহল্লি।
উৎসব লোইরবা তুংদদি
ভুমিন ভুমিন চৎনথি
ম্বাই ম্বাই মাংনথি
অমত্তা উথিদে মরুপ মপাংশিং,
থঙলকই মমৈদা

তৌশন্নবনি মথোয় পুন্নমক।

মসিনি তাইবঙ

মসিনি পুন্সি

তৌশন্নবগী।

৮।৩।৯০

# ঙা কৈথেল

মীনৌ কয়া থুংলরবদা
ঙা শঙ্গু শঙ্গু চাখৎলকই
মোরেগী মীথুংশঙ অতুগী অকোয়বদা
ঙাশিংনা মখোঙ পান্দুনা কোয়চং চংলি
কৈথেলদা, উমংদা অমস্তুং লম্বাংদা
ঙা চাবশিংনা হোৎচিন্নে শঙ্গু শঙ্গু
ইন্নে ক্রিক ক্রিক, সিনেমাগী টিকেট চাম্বগুম।
ঙাগী মমল হেক্সংলকই, মী য়ামখৎলকপগী মতিক।
ইফাং ফাত্তোকই ইফোং ফোংদোকই
ইতং তংলবা ইপুম পুম্নবা
নমথীরবা
ঙয়ামত্তু য়োম্বদা।
ইকাই হঙ্গোইবা লৈতে
ইকাইবা খঙদে মখোয়।
মশিং হেক্সংলকই ঙাপুম ঙামন য়োম্বা কৈথেল
চুরাচান্দপুরদা, মোরেদা অমস্তুং ইম্ফালদা।

২।৬।৯০

# ঐবু ফাগনু

উচেকুম্না
পাইরগে ইশা ফন্দোকুনা
ইনিং তম্না ।
ঐবু ইনিং তমহল্লু
ঐবু ফাগল্লু
ঐবু ওৎকল্লু ।
তুংশোন্নরবসু ঐসে
পাইবা ওস্মী চীংজোন লান্না
য়োবা ওস্মী খঙঙ্ য়োনিংবা লমদমদা ।
ওনবা ওস্মী কৈ
চোংবা ওস্মী
পল্লাক শান্নবা ওস্মী
নঙবু ।
অহুনা
ঐনা উচেক ওন্ত্রিরৈঙে
কৈ ওন্ত্রিরৈঙে
ঐবু ফাগল্লু
ঐবু ওৎকল্লু ।
নিংতমহল্লু
ঐবু ।

৭ । ৬ । ৯০

## অপীকপা খুজাই

অপীকপা খুজাইহুদা
হৈজল্লি মহি
পঙহৈতা হৈজল্লি
চল্লি হৈজল্লিমখৈস্নু ।
অহুগা থোক্লকই খুজাই মহুংদগী
চাউর চাউরবা শমুশিং, লমশাশিং
হিংচাবশিং ।
কদাই অমত্তুং থোক্লকউদনা
শমু লমশাগা মায়রোং মাবা ওম্বা
অকম্বা অমতং ।
খুজাইহুংদগী
অপীকপা খুজাইহুংদগী

৮।৬।৯০

# অহল অঙাং, অঙাং অহল

মঙলান
মঙলাননি মঙলান।
পুম্মক মঙলাম্নি।
নক্তবনি
ওইদবনি
তৌশম্নবনি
অশেংবা অমত্তা নত্তে।
হে তাইবঙ
হে মীওইম্বা
করিঙ্গী কম্নি
করিঙ্গী ব্বারি।
ব্বাকম্নু কম্নুম্নু
বচিম নমাঙ কাম্বনবী,
নখোঙ তেকুপগী
নমিং তাংবগী
তমশিবো ল্লান সম্নুমা।
ল্লান ল্লার
লানগী কুম্মে
মুঙাইত্তা ?
শাম্নবনি
অঙাংজ্ঞা

হাংনবনি
থুগায়নবনি
শাওরিবনি
পেল্লিবনি
দোলান থুগায়রগা
মী হাংলগা।
করিবু খেংনরি
অহল অঙাং
অঙাং অহল।
অমর্তানি
খেল্লনবনি
অঙাংনা পানবা তাইবঙনি
ঐখোয়গী মালেম
ঐখোয়গী তাইবঙ।

৪।৭।৯০

